# চহী কয়াগী ময়াঙদগী

চীংশুবা শামু



রাইটর্স ক্লব মণিপুর
নম্বোল।

Chahi Kayagi Mamangdagi (From Time Immemorial),
Thirty-one Manipuri poems by Chingshuba Shamu




অহানবা ফোঙবা : জুলাই, ১৯৯৬

ফোঙবা : রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক চীংশুবম ওংবী মেমা,
নম্বোল বাজার, নম্বোল — ৭৯৫ ১৩৪ না নম্রগা ফোঙবা



কপী মশীং : ৬০০

মখুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল : লুপা ৪০

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ),
পাউনা বাজার, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১

# মনুংগী লামায়দা

WAN

# য়্রামাঙ

লমদমসিগী মতিক মগুণ লৈরবা সাহিত্যগী মচাক কয়াবু খোমজিল তাশিন্নগা লাইরিক ওইনা পুথোক্লনি, মণিপুরী সাহিত্যগী পুকে-লনগৈ চাউথোকহনবদা থৌদাং শরুক য়াগনি হায়রবগী পান্দমদা রাইতরস ক্লব মণিপুর, নম্বোল লিংখৎখিবনি। পান্দমসিগী পরীংদা ঈচেল নাইনা চেম্বরকপনা ক্লব অসিগী অহানবা মপোক কুমওন সেপতেম্বর ১০, ১৯৯৬ দা থুংলরে। নুংঙাইরবা নুমিৎসিগী খুদোলগোং ওইনা চীংঙবা শামুনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোকচরি।

অইবা চীংঙবা শামু বিগ্যানগী মীওইনি, থবায়না থবায়গী মমল খঙনরক্লবা মতমসিগী মীকপ মীয়াওখোলক্লা লোম্রা-লোম্রা নুংশিবগী য়ুম্ফম থিরিবা কবিনি। চহী তরামঙা হেল্লো খোরীফাবা আরতিষ্টস এসোসিয়েসন (খা) নম্বোলগা শাগোম্নরক্লবা মীশক্লী, অইবনি। ক্লবকি শেনথঙগা লোয়ননা পুথোকলিবা চহী কয়াগী মমাঙদগী (কৌবা শৈরেং ৩১গী লাইরিক) অসিনা কবিগী অহানবা শৈরেংগী খুদোলনি। অদুবু অইবগী অকংবা শীঙ (১৯৮১) অমসুং শাগী লৈবাক (১৯৯০) কৌবা দ্রামাগী লাইরিক অনীমসু পুথোকখ্রে। অহানবগীসিমদি 'খা' নম্বোলনা ইং ১৯৮১ দা লিলা ওইনা মীয়ামদা লাপ্পোকখ্রে।

চীংঙবা শামুগী শৈরেংগী লাইরিকসি রাইতরস ক্লব মণিপুর, নম্বোলগী অহানবা খুদোল ওইনা মীয়ামদা লাপ্পোকচবদা নুংঙাইজে।

নম্বোল,

১৮/৭/১৯৯৬

ডাঃ শামুঙৌ

*সেক্রেতরী*

রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

# মাংনোল খরদং

মশেক মণ্ডালগী মমি তারিবা শক্তম কয়া অমসুং মমিনা মরোল মরোল কুপশিনখিদুনা মনুংদা লৈরিবা অণ্ডকপা ফজবদো অচম্বা মীয়েংনা উবা শুমদ্রবা অসিগুম্বা শক্তম কয়ানা থল্লবা মণ্ডলান তাইবং অনীমক্তগী হেন্না পাক চাউরিবা শৈরেংগী সংসারসিদা শোইনাইবা শক্তম ওইররবসু থম্মোয় য়াওনা হিংনীংখি। থম্মোয় য়াওনরক্তবদগী হিংমিল্লবা য়াওদনা হিংনরক্লিবা লৈখা তারক্রবা মীওইবগী তশেং তশেংবা শক্তমগী মমি অমা তাহননীংখি। তশেংনমক মাগী তার মরীদা খূৎশিনা খজিক্তং খৎলূবদা নুংশিবা খোঞ্জেল থোরক্লিবা, মাগী ময়েক্তা সূর অমতং পাল্লুবদা নুংশিবা ঈশৈ ওহ্মোকখ্রিবা, মাগী রাহৈদা রাহনথোক পূম্বা য়াওরিবা, মাগী রাখল্লোম্দা শক্তম পূম্বগী মমি তারিবা শৈরেংগী জগৎসিদা খোঙ ফাওবা থাংজিল্লুদ্রি হায়না খল্লি। অদুবু শৈরেং ইনিংবা অমসুং শৈরেং থীনীংবগী অপাম্বদুদি পূক্লীংদা পোকখি। শৈরেংগী জগৎতা তিল্লিংখি। শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোংনীংবগী অপাম্বদুদি রাখলসিদা লৈখি। অথীবা শক্তমসিবুদি কিজরবসু থম্মোয় য়াওদনা হিংমিল্লবা য়াদ্রবা সমাজসিদা থম্মোয়সিতং ওইরবসু পুদুনা শৈরেংগী জগৎসিদা পোক্লীংখি। মিতল্লিঙে মনুংদগী হৌনা মীওইবগীদি থম্মোয় অমা য়াওরী। থম্মোয়সিগা লোয়ননা পোক্লক্লি, হিংমিল্লরক্লি। থম্মোয় থম্মোয়গী মরীনা চহী কয়াগী মমাঙদগী নুংশিনবগী লীপূল্লা তত্তনা পুম্দুনা লাক্লি। থম্মোয় য়াওদ্রবদা মীওইবনা তাইবংপানসিগী খাইদগী তমথীরবা শা অমা ওইরি। নুংশিনবগী লীপূল্লা তত্তুনা মচোই মচোই তানরক্লী। মীরমচৎ, মীনুংশি য়াওনরক্লবদা শারাক তল্লরক্লুনা থম্মোয় পানদ্রবা সমাজ অমা ওইরক্লি। থম্মোয়সিখক্তং য়াওদবদা শাগী লৈমায়দা কুমথনরক্লুনা লৈখা তারক্রবা মীওইবগী শক্তম অদুবু উৎপা পামজরুই।

অফবা লাইরিক কয়া পুথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈদা হাপচিনবা অমসুং অইবশিংবু পূক্লীং থৌগৎপা হায়বা রাইটরস ক্লব মণিপুর, নম্বোলগী পান্দম অসিগী মখাদা অহানবা পুথোকপা লাইরিক অমা ওইনা তানজা অমা ফংজবসে শুমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা পোকচে। মসিগীদমক ক্লবগী মেম্বর খুদীংমক অমসুং ক্লব অসিগী থৌপুবিরিবা ওজা খোইনাইজম থবজমনি অমসুং ডাঃ খাঙেম্বম শামুজৌ অনীবুসু থাগৎচবা ফোংদোকচরি। লাইরিক অসিনা ক্লবকী পান্দম অদুমক ফংদ্রবসু পূক্লীং

থৌগৎপিবা ওইনা ফোঙনবগী তানজা ফংহনবিবসিবুসু থাগৎচরী। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মপুং ওইনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা মশাগী অচিনবা থবক কয়া কাইথোকপিদুনা হেক নম্বা য়েৎনবগী লেইবা ফাওবা অক-কত, অশোই-অঙাম কয়া য়েংবিখিবা রাজকুমার ব্রোজেনগী মফমদা চাওরবা নমন অমা তোনশিন্নবনি।

লাইরিক অসিগী মথুম য়েকশীন্নু হায়জরক্লবা হয়াও হয়াও য়াবিরকখিবতা নত্তনা পূক্নীং থৌগৎপিখিবা মরূপ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমসুং অরা-অনা খিকিদনা লাইরিক অসি নম্বা থরায় য়াওনা হোৎনবিখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচিল ইনাওশিংবুসু থাগৎচবা ফোংদোকচরি।

চীংগুবা শামু

## বিন্দু

বিন্দু
পীক্রবা বিন্দু
হায়নৈ পীকপদা বিন্দুগী
অপাকপা, অশাংবা, অথাবা লৈতে
মফমদমক লৈ হায়না
অসিমক্কি মীকুপসিসু
পুন্সিগী।
বিন্দু কয়ানা শন্নরগা মথং মথং ওইবগুম লৈই অমা
মীকুপ কয়ানা শন্নদুনা চিংলকলি লৈইসিবু পুন্সি হায়বা।

বিন্দুশিংনা শন্নরিবা মায়য়োন্দুগী মতুংইন্না
ওইরকপগুম লৈই অনীসে অখোয়বা অচুম্বা
মীকুপশিংদুগী অচুম অরানগী শন্নরকলিবা মায়য়োন্দা
চিংলকলি পুন্সি খোঙচৎসিগী অখোয়বা অচুম্বা লৈই অনীসিসু;
থেংনরগা বিন্দু অমদা লৈই অচুম্বা অনীনা
লৈবগুম কোন অমা লৈই অনীদুগী মরক্তা
থেংনরগা পুন্সিগী লৈই অচুম্বা অনীনা
লৈরি খঙ্গোয় খঙ্গোয়গী মরক্তা
নুংশিবা হায়বা কোনসিসু।

লৈতবগুম কোন অমা
অখোয়বা লৈইশিংগী মরক্তা
অখোয়বা পুন্সিগী মরক্তদি
লৈরমলি কন্নক য়েংঙ্খিবসে।
হৌরকপগুম বিন্দুদগী কোন কয়া লৈই কয়াগী অঙ্ক পুম্বা
পীক্রবা মীকুপ অমদগী কুপ্লবা মনুংদুদগী হৌরকুনা
হোৎলকলি পুন্সিগী অঙক-অঙকপা অঙ্ক কয়াসিসু।। ●

# থম্মোয়দুতনি নুংশিবনা পান্নিবা

থম্মোয়দুতনি নুংশিবনা পান্নিবা
অয়েঙ্বনি হকচাং পোলাংশিনি
কৈদৌননি থম্মোয়নবু য়াওন্নবদা
মিনুংশি থওদবা মিতঙ্গালনয়।

নুংশি য়াহীনা থক-থোইবীগী
কাউওমন্ত্রবা শৈশক ওইহৌরিবা
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

শাহজহাননগী চান্নরবী মমতাজ!
মমতাজদগী তাজমহল ওইখিবা
তাজমহলদগী নুংশি-ফুরা
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

অঙ্গুলিমালাগী থুদোক্কী পরেং
লৈগী পরেং ওনখিবা
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

তমখিরবা মীহ্বাংপা রত্নাকরনা
লৈশৌবুংগী রত্নাকর ওইরবদগী
বাল্মীকি মুনি ওইখিবা
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

লৈলা মজনুগী নুংশি মরী
থদংপা ওমখিদ্রবা নুংশি মীপুন
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

কায়না মৈচাক্কা তাওরবা
কালিদাসকী সকনা
লৈচিন্দা মপাঙ চেন্নিবা
হকচাংদু নত্তে থম্মোয়দুনি।

রবীন্দ্রনাথকী রবীন্দ্র সঙ্গীত
মিরাগী মিরা ভজন

## হকচাংদু নত্তে খঙ্গোয়দুনি।

কিংলিয়র, ওখেয়ো
অহেয়া, শীঙেন ইন্দু, খবাল
লৈ পরেং, মাধবী
হকচাংদু নত্তে খঙ্গোয়দুনি।
রাখেবিবা মীকুপী অশিবনা
খবায়না হনগ্রবদা মহনকমদা
তিনখিনি হকচাংসিদি মলেমদা।
তিলহৌগনি খঙ্গোয়সিদি খঙ্গোয়দা
লৈহৌগনি মীয়োন কয়াগী
খঙ্গোয় খঙ্গোয়দা মথং মথং
নুংশিবা রারী ওইহৌদুনা।। ●

# শক্রম্মুনে নুংশিবা ঈশৈঙম

শক্রম্মুনে নুংশিবা ঈশৈঙম
নীংবা কায়রবা পুন্সিদুনা
পাল্লম্মু নুংশিবা সুর
নীংবা কায়বগী ময়েক্কুম্না।

শেগায়রবা আশাগী চেৱাংখক্তা
শিরাংগী মুক্তা ইগ্নিবা
ময়েকশিংদুনি মৈচাক পুরবা।
শৈপানবা ময়েক্তি ঈশৈগী।

অরাবগী শৈশকপু শক্রবসু
নুংঙাইবগী শৈরোনবু ওইরবসু
নুংশিবা ঈশৈগী সুরদবু
কনা লৈরি ওমহৎলোইদবা?

মৈচাক পুরবা ময়েকশিংদুনা
ওইহনগ্রবসু অরাবা ঈশৈ
লৈরোই নীংবা কায়বা
শৈথোই শৈহেনবা শৈশক্তা।

কেনগ্রবা লৈরাংঙম খঙবিদনা
শাৎলম্মী উবিদনা কনানসু
খঙনবিদনা অরেম্বদা লোমগ্রবা
পুন্সিদুনি নীংবা কায়বদি।

শক্ররমদ্রবা ঈশৈ ময়েক্কুম
নুংশিবা খোঞ্জেল খোকলমদ্রবা

ছিংবগী সুর পান্নমন্নবা
পুন্সিপুনিনে নীংবা কায়বদি।

করিগী লাউ-খোংলিবা
তমথিরবা থৌওংগী রাগদা
ময়েক য়াওদবা ঈশৈদুনা
চরাংনেনা শৈশকনা পুন্সিবু?

থম্মোয় য়াওদ্রবা সুরদা
অকি-তুজুংননা শৈশকলিবা
কাং-খোং চাইরবা পুন্সিদো
অদুনিনে নীংবা কায়বদি।। ●

# থম্মোয়দগী খোরকপা সুরনি

থম্মোয়দগী খোরকপা সুরনি
নুংশিবা হায়বা সুরসে
থম্মোয়দগী শক্লকপা ঈশৈনি
নুংশিবা হায়বা ঈশৈসে
খোম্মোক্তুনি থম্মোয়গী
নুংশিবা হায়বা রাহৈসে।
পিরাংদুননি থম্মোয়দগী তারকপা
মিৎলু কয়া কয়াদসু
পিরাংগী ঈরা ঈহৌদুনা
শীহুহল্লিবা মিৎকী পি
ঈরমসিনি থম্মোয়গী
থম্মোয় পুম্বদা ফাৎলিবা।
ঈহৌদুননি থম্মোয়দগী হৌরকপা
থম্মোয় পুম্বা ঈতিন্না
থিঙেন কয়া নমথেকলম
মীয়ামগী ঈচেল চেল্লিবা
ঈহৌদুনিনে থম্মোয়গী
থম্মোয় পুম্বনা হৌরীবা।
কৌগদ্রনে য়াইফ-থৌরাঙ
থম্মোয় পান্দবা থৌওংদুনা
হায়রমগদ্রনে নৈবাক্কী থৌদাং
থম্মোয় য়াওদবা থৌরমদুবো
থৌশিল্লনে মীয়ামগী
থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক্তুবো?
খোল্লাওদুনি থম্মোয়দগী খোরকপা
খোঞ্জেল ওইদুনা মীয়াম্না
মীপুম খুদীং থম্মোয়দা

খোঙ্খাং ৱৈনা মাউরিবদি
খোঞ্জেলশিংনিনে থম্মোয়গী
থম্মোয় পূবদা নিঙ্ঙিবা।
থম্মোয়দগী লেপ্লকপা অচুম্বদুনি
নমস্তু মাওঙ্ৱবা অচুম্বদি
থম্মোয়দা ফংহল্লিবা নিংতম্বদুনি
মীশা পোম্ত্রবা নিংতম্বদি
শান্তিদুনি থম্মোয়গী
থম্মোয় পূম্বা ইঙলিবা।। ●

চহী কয়াগী মমাঙদগী/৭

# সুর পূন্না তিন্নবা

সুর পূন্না তিন্নবা
রাগ কয়া য়াওরিবা
অঙকপা ঈশৈগী মখল্লনি নহাকসে
তারনা মনুংদা তিংলিবা

পুক্নীং
তাখল
থম্মোয়গী
তিংলিবা তার মরীদা
শকলী ঈশৈ কয়াসে
নিয়ম কয়ানা সঙ্গীত শাস্ত্রগী
থবা ওমত্রবা অকক্লনা।

লাকঙমদনা
তৌঙমলবা
থিংঙমদনা
খংঙমত্রবা
ফাঙমদনা
উঙমত্রবা
পাল্লি অনীংবগী সুর
অপাম্বা কয়াগী রাগ
আশানা মরী ওইদুনা তিংলিবা
নঙগী পুক্নীংগী তারদুনা।

শাফু কল্লবা
হায় ইন্দ্রবা
পেনবা নাইদ্রবা

সূর করাসে পূক্রীংগী
ওইখোক্তবনি খুদুম চম্বা
রাখলগী তার মরীলগী খোরকপা
সূর নত্তনা থহবগী।

হৃহরকপা
তপথরকপা
ইঙথরকপা
নঙগী রাখলগী তারদগী
খোরকলিবা থহবগী সূরতনা
ফাথরি মৈ হৌরবা রাগদো পূক্রীংগী
হৃদ্রি পূক্বু চাকখেক ওম্বা।

তমশিনবা
খঙজিনবা
হৈজিনবনা
খুংশেমগী
খিজানগী
লৌশিংগী
হীরম কয়াগী শৈশক
লোইনাহিত্রবা খনবগী রাগদা
রাখয়োন পূবগী সূর পান্দুনা
খোরকলি রাখলগী তারদা।

রাগ করাসে
সূর পূহসে
পূক্রীং-রাখলগী
খোম্মাং মৈয়রি অমুক
অবা নুংঙাইগী খোজেলদা

নুংশিবনা মরী ওইদুনা তিংলিবা
নঙগী থম্মোয়গী তারদদি।

মীরোল
মীরমচং
মিনুংশি
খৌনা
লিংজেল
অপূনবা
নুংশিনবগী লীপুন্না পুন্নিবা
হিংমিন্নবগী নুংঙাইরবা রাগ
অচুম্বা ফজবা থাজবগী শৈরোল
থম্মোয়গী সুরনি পুন্নমকসে।

নুংশিবা শৈশক
নিংথীরবা সুর
নুংঙাইরবা রাগ
অরেম্বনি পুন্নমক লোইনা
য়াওরমদ্রবা থম্মোয়গী তারসে
পুন্সিগী ঈশৈ পুন্বসে শকলিবা
অঙকপা ঈশৈগী যন্ত্রসিনা।। ●

# পোৎশক অদু খ্বাইদগী নুংশিজরবা

পোৎশক অদু খ্বাইদগী নুংশিজরবা
পুন্সিনা নৈরিমখৈ থাদোকনীংদ্রবা
ওইরবদি নঙগী থবায়দুনা
অহিংবা ওইহল্লিবা পোৎশকতুনি
খ্বাইদগী মমল য়ামলিবদি
অহিংবা অমা ওইহল্লবা
হিংবদা চংবা মচাকশিংদুনি
খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি।

পোৎশক অদু খ্বাইদগী পাম্মজরবা
কনাদসু অমুক পীথোকনীংদ্রবা
ওইরবদি নঙগী থবায়দুনা
নঙগী হিংবগী হক অদুনি
খ্বাইদগী মমল য়ামলিবা
হীংনবগী হক অদু ফংনবা
ফংফম থোকপা পোৎচংশিংদুনি
খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি।

পোৎশক অদু খ্বাইদগী লুনা নীংজরিবা
পুন্সি চুম্লগী কায়ননীংদ্রবা
ওইরবদি নঙগী থবায়দুনা
নঙগী মীওইবা ওইবগী মহৌশা অদুনি
খ্বাইদগী মমল য়ামলিবদি
মীওইবগী মরমচংসে ঙাক্লবা
মীরমচং মিনুংশি হায়বসিনি
খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি।

শৈথংনক্রবদা শরণী পোলাংওম
হিংবগী হকনা নওগী লৈমায়না
তাঙোয় ওনহল্লবদা অহিংবদু
হিরোসিমাগী থরায় কয়াওম
মচু খেংনরবা থরায়শিংগী
ওনমকনবদা নাহে খোঙ্গেলনা
থরায়দুসু নওগী পাম্বুজরবা
মাওথিনি শিফম নাকম থওদনা।। ●

# কনাদা য়াকংলুগনি অমুক

কনাদা য়াকংলুগনি অমুক
নীংবা কায়রবা পুন্সিগীদমক
হায়য়ুনে —
অকনবা নুংশিংবী শাযুনা
হৃমদোকখিবদা ফুক্তোক্তুনা
মরু চেন্তবা উপাল কয়া
কনাদা য়াকংলুই মদুদি।

পুন্সিগী নোংলৈ নুংশিংসিদসু
হৃমদোকখিবা তাবনি লোইনা
মরু চেন্তবা আশা কয়াসু।

কনাদবু য়াকংলুগদগে অমুক
কায়ন পোলোইনরবা পুন্সিদুগীদমক
হায়য়ুনে —
কোয়ৌহনবনা তম্বিদুনা
নুমিংলৈ কৌবি লৈরাংনা
লৈমন চনখিবদা শাংনা শাংনা
কনাদা য়াকংলুই মদুদি।

নুংশি য়ারীগী পোলোইদদি
কায়নবা থুংনবা অনীমক্তা
থম্মোয়দুতনি লৈমন চনন্ডমলবা।

কনাদা য়াকংলুগনি অমুক
অরা মৈশা লাংলবা পুন্সিগীদমক
হায়য়ুনে —

ঈচেল কম্লবা তুরেল কয়ানা
কংখিবদা লৈক্রক চংপমখৈ
কালেনগী যাক্রবা নুংশাসিদা
কনাদা রাকংলুই মদুদি।

অরা নুংঙাইগী পুন্সিদসু
যুনখিব্রবা আশাগী খোংনুংদো
নাইরক্কনি ঈচেল ঈহৌরকপদদি।

কনাদা রাকংলুগদগে অমুক
কায়ন-মৈশা লাংলবা পুন্সিগীদমক
হায়য়ুনে —
তমখিরবা নাকেনথানা লাকপদা
কেনখিবদা উনা-রানা পুম্না
মনা পুংলবা উপাল রাগান্দগী
কনাদা রাকংলুই মদুদি।

মহৌশা লাইরেম্বীগী নিয়মদদি
চোংখংলক্কনি অমুক অনৌবা য়েনীং
লেপকং কংব্রিবা উপালদদি।

কনাদবু রাকংলুগদগে অমুক
অরা-কোকথোংনরিবা পুন্সিগীদমক
হায়য়ুনে —
কুপশিনগ্রবসু মরোল মরোল
উলেনগী লুম্নবা পোংলুম্না
মশা পুম্না হিমালয়গী
কনাদা রাকংলুই মদুদি।

খোঙফম লেঙপনা পুরিবা

তমখিরবা উলেনগী পোৎনুমদুনা

হেন্দুম হেনপৎলি হিমালয়গী অবাংবদি।। ●

# তমথিরবা কায়ন-মীকুপ্পুদা

তমথিরবা কায়ন-মীকুপ্পুদা
লেপ্পীখিদে কনাসু ঐপীদমক
ফনা খামজ-খোংচদুনসু
লেপ্পু য়াখিদে মিংকী পিরাংসিসু
শীত্থরকখি অহোয়নদুম হেল্লা
ফুনগংতুনা কায়রবা থম্মোয়দগী।

ফনা থেমজ-নৌজদুনসু
য়াবিখিদে পুক্লীংসিসু
পুথোরকখি খাল্লবা ওমদনা
রাকায় কয়া মথং মথং
য়ানজদুনা লোইনল্লবা
হৌগ্রবা রাথোক কয়াদুগী।

ফনা রাতা-রাতেমশিন্দুনসু
রাতাইশিনবা ওমখিদে রাখলসিনা
খোইদা থুরবা লেমলৈদুনা
চেনজরবসু চেপ্পীংবমখে
পন্দুনতা লৈবওম খোইরিদুদা
পন্দুনতা লৈখি কায়নবদুদা।

ফনা হায়জ-নোঙ্গদুনসু
থল্লায় মঙামক চেংখোক্লুনা
তাবিখিদে রাহে অমফাও
ইন্থবিরমখি কায়নবগী ঈপাক্লুদা
হন্না ফাওবা রেংবিরমদনা
পাখে লৈতনা ঈরাক্লহৌবদা।

মিনুংশি খঙনরক্লবা তাইবংসিদদি
করিসু কান্নরমদ্রে মিংকী পিদো
কপচনবা নত্তনা অরেন্দা
পুন্সি খোঙচংকী খোঙলোয়সিসু
অরেম্বা ওইরমলে খম্মোয় পান্দবদুদি
লম্বুকহন্নবা নত্তনা খুদোংথিবদা।

করি কান্নথিগনি অমুক
কায়নবগী ঈপাক্তুদা তাউরক্লনা
থম্বিরল্লবদা মাংমগী তোকর্বানসিদা
নঙগী খোঙুল লীরুবগী
তারমখিব্রনে খোঙুল লৈমায়দা
শকলোন পুরিবা মখোয়গীবো।

অওন-অওন চানরক্লবা সমাজসিগী
শকলোন পুনরক্লবা তাইবঙসিদদি
পাঙলদুতনি অশেংবা খোঙলোয়
অশোনবশিংসিবু নেংখায়দুনা চংথীনবা
খোঙসিদা খুরৌ চেন্নিবা
পুক্নীংগী অশোনবা অসিতবু।। ●

# ওৎ-নৈজরকপী মশামক্তুবু

ওৎ-নৈজরকপী মশামক্তুবু
মীরোল কয়ানা মথং মথং
মীয়াম ওইরকলিবা মশাবু
মশামক্কা মশক খঙজরক্তুবদা।

শিংগ্রিংঙেগী মমাঙদা নশামক্কা
উজরি নশামক্কা পোকচবা
ওইরদুনা মথংগী মীরোল
য়োকচরদুনা নুংশিনা নশামকপু।

হৌরাঙে মনুংদা উপালশিংনা
উপালদুগী মশামকী মহৈদগী
হৌরকপী মশামক্কা অমুক
মশীং লাকঙমদ্রবা উপাল কয়া।

মৈহৌরোলগী মীদুনি মীওইবসু
নুঙগী যুগকী মী ওইরম্বদগী
মতমসিগী মী ওইরকপফাও
মশীং থীঙমদ্রবা মীয়াম ওইরকলিবা।

মীরোল অমা ওইরমলি নঙনা
মীরোল্দুনা থমলম্বা ফীবম্না
মথংগী নঙগী মীরোলগী
অফ-ফত্তগী লাইবক লেপকদবা।। ●

# খঙবা ঙমলম্নবা নপুক্লীংদুদং

খঙবা ঙমলম্নবা নপুক্লীংদুদং
খঙলমগনি তাংতুসু মীনোক্তুগী মনুংদা লোংলিবা
উরমগনি নমথাক্তো মিংয়েংগী মরুম থুপলিবা
খঙলমগনি লৌনমদুসু নপুক্লীংদুনা ইনশিল্লিবা
চিনবান-থোংগী ৱাহৈশিংদুগী।

থম্বাল লৈকাগুম্বী চিনবান্দুনা
শাংকায়রকপদা অঙাঙবা মচুগী আতরগুলাপকুম
পাইথোকহল্লগা থম্মোয়সে লৈপাম্বা খোইমুগুম
থুহনখি মিৱাং ওন্ত্রেকখিবা মোমোন মীনোক্তুদা
মিৱাংলক্তা কংলবা খোইমুগুম।

কুন্দো পরেংগুম্বী য়াতালক্তা
কবোকলৈ লৈরাংগুম মৃগায়না শাংকায়রকখিবা
মোমোন মীনোক্তো থম্মোয় য়াওবা মালহনখিবা
খঙলম্নবা নপুক্লীংগী তাং অদো তাংনি হায়রবদং
কায়রমলোই থম্মোয়সে অসূম্না।

কুৱাক মশাগুম খপ্তুনা মিংকী পানা
ঙাওরবী মিংচিনা ফম্নপ ফম্নপ য়েংলদুনা
তথক্রবী পীগুমদুনা সজী মচাগুম থৌশাহন্দুনা
চেনশীল্লক্লগা তফিংনা মিংনহাদুনা থম্মোয়নুংদা
ওন্থোরকখি লৌনমগী সনাগী সজী।

অপাম-মীহৌনরিবা সংসারগী ফজবসে
অমত্তা উজদ্রবা মিংতাংবা মিংতাংবীশিংদফাও
পোকহল্লবদা অপাম-মিহৌ তৌঙন্নবা পুক্লীংসিনা

থাজরুবা য়াদ্রে মিৎয়েংদুদি মমিং উরিবা মখোয়গী
পুক্লীংগী অপাম্বদুতা য়েংলিবা।

বিনাগী সুরগুম্বী খোঞ্জেলদুনা
তাহল্লকপদা রাগীনিগী নুংশিবা ঈশৈগুম
চোংথোকহল্লগা থম্মোয়সে রাগ ওইনা
ওন্থোরকখি লৌনম রাহেংগী তাশোলদুম
থম্মোয় থুন্না লেংশিল্লকলিবা।

অরেম্বনি থম্মোয় য়াওদবা পুম্বদো
নপুক্লীংদুনা নঙগীতা নীংজরগা হায়খিবা
"ঐগী নুংঙাইবনা নঙগীসু নুংঙাইবনি
ঐগী য়াইফবনা নঙগীসু য়াইফবনি"
মদুনি অচৌবা মীনম্বা হায়বদো।। ●

# তমখিরবা ঈথক

তমখিরবা ঈথক!
খেজাইররি নঙনা
তত্তনা তোকর্বনসিদা
ময়ায় কায়বী
নঙগী ইপোমদুনা
মীকুপ খুদীংগী
জম জম য়ৈরদুনা
নীংখাইহল্লে লৈরায়সে।

মতমগী নুংশিৎ!
ফজরবা মচুগী
নিংখিরবী কুয়াকুম
মতমগী মমাঙ থাদুনা
পাইদুনা শিংলিবী
তেংবাঙশিন্দুনা নঙনা
ঙাওহল্লে লোইনা
তাইবং ঈপাকসে।

তাইবং ঈপাক!
থল্লেনে ঈয়াইদো
অয়োনবা হিনা
পুরি ঈপাকুগী
অয়োনবা লম্বীদা
অপাম মিহৌগী হিপোৎ থল্লবা
অয়োনবা লয়োনপোৎতো।

অয়োনবা লয়োনপোৎ!

থাদংবী মঙৱু
নমথাকী হিথাংফমদগী
চীরোলগী কৈথেলদা
হোনজিল্লিনে লোল্লা
অরোন অথূম্বা
থল্লা শৈরিবা
মীনম্বা দূকান্দা।

মীনম্বা দূকান!
থম্মোয় য়াওবা মালহন্দুনা
থমলিনে শেম শাদুনা
লৌনম য়ানশিল্লবা
নুংশিবা কয়াদো
য়োল্লিনে পোৎশেংশুম
চীরোল য়ানশিনল্লবা
থাজবা কয়াসু।

ও অল্লাবনি!
তাইবং কৈথেলসিদা
কারকলিবা পুন্নসে
শোয়দ্রে নীংবা কায়বা
থনল্লেদো সমাজসে
য়ানশিল্লবা পোৎতনা
ফংলক্লে তাইবংসিদা
পোৎশেং অমতা।। ●

# নোকউ নহাক্তি নঙগীদমক

নোকউ নহাক্তি নঙগীদমক
নতোমতা পেল্লা নোকচনবা
শেম্মু নয়ন্নাইগী নিয়ম
খোঙনেংনদুনা মীওইবগী হক
পাম্নু নঙতগী নিত্তিনা।

কম্নু নঙগীতা খন্দুনা
নঙগীতা খন্দুনা কপচবদুদা
শীঙ্খ্রিবা ওঞ্জীরগী পিদুগী
লৌনম তৌরিবা পিয়াংদুনা
শারাক তমদুনা থম্মোয়দা।

হিংহু নঙগীতা য়েংদুনা
নঙগীতা নীংদুনা হিংনবা
নশাগীতা য়েংহু নমিত্তুনা
নশাগীতা তাও ননাদুনা
নতোমতগী থম্মু রাখলদুসু।

নঙগীতা রাংত-পাদনবা
পাম্নু নতোমতগী লৈঙাক্লা
নয়ল-নথুন্না অঙম-অথৌ ওইদুনা
সনা-লুপানা প্রজা ওইদুনা
পথাপ শেমদুনা পৈশিনবগী।

নতোমতগী রাংতবা পুন্সিদুনা
ফংবা ঙমলবা হিংবগী মহাও
শেম্বা ঙমলবা নতোমতনা

# ইপা পাখংবা পুক্লীংসিনা

ইপা পাখংবা পুক্লীংসিনা
ইফিং ফিংগংহনবা খোঙচংসিদা
পংথাংদা থাংহল্লি খোঙসে
লৈরম লৈরম কান্দুনা
ইঙাও ঙাওরক্লবদা লম্বীদুনা।

পঙখন্দা খল্লি য়াখলসিসু
হনজিন হনজিন পল্লেপফম খঙদনা
লংলা লংজিল পুখোকপা ঙমদ্রবা
তৌফম খঙদ্রবা কোকসিদা
চংফম খঙদনা লম্বুক্লবদা।

হে পুক্লীং, করিগী কপলী ঙসিদি
মায়থিরবা লানফম ময়ায়সিদা
করিগী শীঘ্রিবা মিংকী পি
অশেংবা লাম্নীগী হকচাংদদি
শীত্নগদবনি ঈ পিগী মহৎতা।

চুমদবা য়ারোই অরোইবদা
থেক্লা খোয়না চংলম্বা
চুম ঙমদবা মীওইবগী পুক্লীং
লমফাং চংলম্বা খোঙচংতুনা
চংফম লৈরক্লবদা থেক-খোয়দুনা।

লেপ্তনা থাংলবসু খোঙসিনা
থম্মোয় য়াওদবা খোঙসিনা
চংখিনি তুংহল্লা অসুমক

পুন্সি খোঙচৎকী লময়ানবনি
লমজীং লমতাকপিবা থম্মোয়সে।

লৈয়ক্লেদো চৎফম লম্বীসে
লমজীংবিরমদুনা পেন্নায়দবী পুক্কীংসিনা
পম্বুংফম মশক খঙদ্রবা
ওইহনদ্রেদো কান্নদবা পুন্সি
থম্মোয় য়াওখিদ্রবা খোঙচৎতো।। ●

# চহী কয়াগী মমাঙদগী

চহী কয়াগী মমাঙদগী
লেঙনা নঙনা হাংলকলিবসিগী
অশিবগী শকতমদুনি ঐ
অশানা শরূ-শয়াং ওই
রাকলনা ফিতৌ ফুগ
হিংনা হিংনা শিরিবা
ঐগী ওসিগী শকতমসে।

মদুগী রাকংচেনী থম্মোয়গী
মশা মরেং শাম্রবা
লেপকং মান্নবা উপালদা
শাম্মেনা অমুক চাকথিদুনা
কানা কানা হৌবঙম
মৈচাকখাক মান্নবা পুশিনা
তাজোয়না হুরিবা রাকংচেসে।

রায়েনশঙনা থন্নবা সংসারসিদা
লৈরমদ্রে রাকংফম অমফাও
কায়রবা থম্মোয়গী রাকংচেসিগী
শৈরবসু রায়েন পথাপশ্না
য়াওয়মদ্রে রায়েন পথাপুদি
থম্মোয়গী রাথোক কয়াগী
অচুম অয়ানগী রায়েন্নবা।

কিজে ঐহাক কিজেনে
মমিংমক্তা উহৌবা পুথোক্লবদি য়াদবা
রায়েন পথাপুনা য়ায়বদি লোইরবা

লোয়শঙদুগী রায়েন্দো কিঁজেনে
অচুম-অরান অনীমক্কগী
ঈ চুপ্পা লোইরফাও
লোইদবা রায়েন্দো কিঁজেনে।

ঙাইরগে ঐদি অসুমক
থম্মোয়গী রাকংচেসি পায়দুনা
রায়েন-উকল নেকলোইদৌবা
মিংনা উহৌবা পুথোক্লবসু
অচুম-অরান লেপ্লমগদবা
মীরমচংকী রায়েল লোয়শঙদুগী
অশেংবা থম্মোয়গী রায়েন্দো।

ঙাইরগেনে অসুমক ঐহাক্তি
মীরমচংকী অচুম্বা রায়েন্দো
মশানা মশাবুসু রায়েঙরিবা
ঙম্মোই মীওইবা অমতনা
মীরমচংকী মায়য়োক্তা লেপ্লদি
তাহল্লকপদা তোঙাল্লা সমাজদগী
মীরমচংকী নিত্তি নিয়ল্লা।। ●

# ফাগী তাহনখি পুন্সিবু

ফাগী তাহনখি পুন্সিবু
মীকুপ খরদং গুমহৎলম্লগা
মিত্রংগুম মিৎতা উহনখিবা
নঙগী মীনম্বা শক্তমশিংদুনা।

ওইহন্দুনা ইচিক হুনবা অহীং
থোকহল্লকখি থম্মোয় অতিয়াদা
নিংখিবা নঙগী মায়খোংদো
ওনহন্দুনা নোংমদোন থাজ।

তোংহন্দুনা লৈচিনগী দোলায়দা
কোয়হনখি থরান মরক্তা
পাইশিল্লুই খুৎসিনা লাম্লবা
নিংখিবী মায়খোং থাজদুবু।

লামখৎলুবদা খুৎসিনা থাজদুদা
ওহেরকখি মিত্রংগী শক্তম
তাহল্লকখি তরং মালংদগী
য়ৌবা নাইদবা লৈমায়দা।

অহাঙবা মিত্রংগী পাত্রদা
উহনবিদুনা নুংশি লাইজ
পিথকখি থৌরাংলবা থম্মোয়দা
মিৎতা উহনবা মিত্রংগী লাইজদো।

লৈরাং ওনহন্দুনা থম্মোয়সে
চিংথোকপিখি অতৎ-অখম লৈতনা

মচু মচুগী লৈরাং কয়া
মিত্রংগী উতোং মনুংদগী।

ওলহনবিদুনা শৈশকপা চেক্রা
শকহনখি নুংশি ঈশে
য়েংনহনখি কুম্মৈ ওইনা
মিত্রংনা ওলহনবা উচেক্কুবু।

লোইশ্রে হৌজিক্তি নওগী মিত্রং
য়োমশীন্দুনা থমজিনশ্রে পুন্নমক
ঐগী থম্মোয়বু গুমহৎপিখিবা
মিত্রংগী পোৎলম চৈরমশিংদো।

নুংশি লাইজদো ইথৌ লাংহন্নবা
গুমহৎলবা মায়থোং থাজদো
থম্মোয়গী লৈরাংদো শাৎতোরকখিবা
ওইরমলে মিৎসিদতা উহন্নবা।

লৈহৌরে ঐদি চমন্নদুনা
ওলহনবিরম্রবদা মিত্রংগী উচেক
থম্মোয় য়াওদবা শক্তমশিংদুনা
পুম্নিবু ফাগী তাহন্দুনা।। ●

# খোঙ অসিদি থাংলি

খোঙ অসিদি থাংলি
অসুম থাংলি লেপ্তনা
খোঙথাং কয়া মথং মথং
খোঙফম কয়াসে নেৎতূনা
মায়য়োন খঙঙমদবা খোঙচৎসিদা।

খোঙথাংসিগী খোঙফম অমনা
নোকহল্লি পুন্সিবু হায়াওনা
শাৎকায়রকপগুম বসন্ত নৈরাং
কপহল্লি খোঙথাং অমনা
নাকেনথাগী পিরাং পিরোইননা।

খোঙফম অমনা খোঙথাংসিগী
হন্দোকপা য়াদনা থাংজিল্লুরবা
ওইহল্লি পুন্সিবু তমথিরবা মঙলান
খোঙথাং খূদীং মঙলারুদুনা
অকি-তুজুংনা লাউরিবা।

খোঙফম অমনা লম্মুরুখিবা
লানথ্রবা লম্বীদা পুন্সিগী
ওইহনখি অরাবা খোঙচৎ
খোঙথাং খূদীং চমমনহন্দুনা
লম্বী খঙদনা ঙাওচৎনরিবা।

খোঙথাং অমনা য়েংহৌদবা
খোঙফম চাদনা নেৎলুবা
তুশিল্লি পুন্সিনা হৌগৎপা ঙমদনা

মশা পূম্ব ফুরোল হনুনা
নীংবা কান্নবগী লৈমায়লা।

খোঙফম অমনা খোঙথাংসিগী
হিংবগী লৈয়োমদা নেংলুবা
লুপথরি পুশিনা লৈয়োমনুংদুদা
চারোল ওয়োনফাও য়ৌনা
অরেং অরেং পুংথদুনা।

থাংলি খোঙসিদি লেপ্তনা
খোঙফম শোয়রবা খোঙথাংদা
কুমথদুনা অসুম লৈথারোমদা
লৈথক্তা নেংলিবা খোঙফন্না
তাহন্দুনা মুংনাইদবা খোঙ্জুলদো।

খোঙথাংসিনা থাংগদৌরিবা কদোমদনো
খোঙফমসিনা নেংকদৌরিবা কদায়দনো
করম্বা মায়কৈদা চংকদৌরিবা
মায়কৈ সনাই লেপ্পবা
লম্বীসিদদি মশক উপ্তমদবা।

খোঙথাং অসিবু থলহৌদবনা
লমথাই কয়াদা থাংলিবা
খোঙফম অসিবু য়েংহৌদবনা
লমফাও কয়াদা চংলিবা
লম্বুক্লরেদো লমলোঙ কয়াদা।। ●

## পোকপা শিবগী মরকসিদা

পোকপা শিবগী মরকসিদা
লেপ্পমদনা মীকুপ অমতাও
চংগী খোঙচংসিনা
অশিবগী মায়কৈদা।

থবায়বু হকচাংসিনা পুদুনা
পুশিনা হিংবগা লোয়নদুনা
চংগী খোঙচংসিনা
অশিবগী মায়কৈদা।

পম্বুংফম মৌনিংদবা মীকুপ্পুগী
অরোইবা খোঙথাংদো থাংদুনা
মৌরক্কি খোঙচংসিনা
অশিবগী পম্বুংফমদা।

মাম্ররি হাংপগা শিবগা
হায়রঙমদনা খেংনরবা অনীসে
হাংপদুসু অশিবনি
শিবদুসু অশিবনি।

থবায়না হকচাংবু থাদোক্লম্বদা
হিংবনা পুশিবু হন্দোক্লম্বদা
থুংলরি শিবনা
অশিবগী পম্বুংফমদা।

হকচাংবু থবায়দগী শেংডোক্নুনা
হিংবনু পুশিদগী ককথংত্নুনা

শুংলরি হাংপনা
অশিবগী পন্থুংফমদা।

থনুং লৈবাক্কী অশি-পাউপুবনা
লৌররবদা অশিবা থবায়
থুংলরি শিকনা
অশিবগী লৈবাক্তা।

তাইবংগী অশি-পাউপুবনা
লৌররবদা অহিংবগী থবায়
থুংলরি হাংপনা
অশিবগী লৈবাক্তা।

হাংত্তে কনাবুসু অশি-লৈবাক্তা
পুখিদে অহিংবা অমতা
থনুং খোঙারেম্রা
অশিবগী লৈবাক্তা।

অহিংবা লৈতবা মফমনি
অশি লৈবাক ওইরিবা
নরকনি লমদমদো
থবায়শিংবু ওৎলিবা।

ওইরকলেদো তাইবংসে অশি-লৈবাক
ওত্রকলে নরকী লমদম
থনত্রে খোঙারেম্রা
অহিংববু লৌররিবা।

পাল্লরে ওয়া অশি-নিংথৌনা

অমুক তাইবং, অনীশকরে
লৈচাকপা ওইদুনা
হাংপা শিরণী।।●

# শিবা নত্তে শিখিবা খুদীংমক

শিবা নত্তে শিখিবা খুদীংমক
শিগ্রবরনে মখোয়দো
গুরুনা মন্ত্রবা তাইবংদা
লৌশিংগী মৈরা চুখৎপিরম্বা।

মীহাৎপা নত্তে হাৎলুবা খুদীংমক
মীহাৎপরনে মখোয়দুবো
নীংতম লানফম ময়ায়দা
লানগুম কিয়াল থেৎলম্বা।

শিবা নত্তে শিখিবা খুদীংমক
শিগ্রবরনে মখোয়দো
লমফাংলবা তাইবংগী লম্বীদা
লমজীং লমতাকুনা লময়াম্বশিং।

মীহাৎপা নত্তে হাৎলুবা খুদীংমক
মীহাৎপরনে মখোয়দুবো
ওৎ-নৈরকপদা মীতম্বালশিংনা
হিংচা-য়াইভম্বশিংবু লানবিখিবা।

শিবা নত্তে শিখিবা খুদীংমক
শিগ্রবরনে মখোয়দো
শারম্না থম্রবা তাইবংসিদা
মীরমগী লম্বী শেম্রমলিবা।

মীহাৎপা নত্তে হাৎলুবা খুদীংমক
মীহাৎপরনে মখোয়দুবো

আরানবা মক্ক বুক্তোক্তুনা
অচুক মউ শিংলমশিবা।

শিবা নত্তে শিখিবা খুলীংমক
ভাত্রিমখে মখোরণী মতালনা
তাগ্রীমখে মখোরণী খোক্ষেলকে
উরিমখে মখোরণী শকম।। ●

# মীরমচৎ য়াওনরক্রবা মীওইবদা

মীরমচৎ য়াওনরক্রবদা মীওইবনা
শা ওন্নরক্রি খ্বাইদগী তমথিন্নবা
থিনগৎনরক্রি শাংলবা মচী
হিংচা য়াইতন্নরবা মকোক্তা।

য়াইনরক্রি মৈ হৌনা থেক্নাইনদুনা
অমনা অমগী নীংতম্ববু নমথেক্লদুনা
থাংজি শানরদুনা মরেংশিংদা
মচীশিং অদুনা হাইগায়নরকপদা।

শন্নুপ পুবা তান্নরকপগী লান্দা
লম তানশিন্নদুনা ঈনথায়নরকপদা
ঈথেং তারক্রি নীংতম্বা কয়া
ঈহিং নাইহিং শারক্রি শাত্তি।

নৈথায়নরকপদা উফুল তানা
খুত্রাক লৈতাক্রবদা লৈমায়দুনা
হক পুম্বা হন্দোক্ররমদুনা
লানজেন্নরি নীংতম্বা ময়াম।

হিংবগী হক য়াওদনা চেন্নকলিবা
শরুগী পোলাং ময়ামদুনা
তিংথোক্ররকলি শরুগী খুৎয়াম
থৌগংনদুনা নগশিন্নরবা চাকথাওদুগী।

য়ারক্রবদা অশোনবনা নীংতমজবা
ওইরক্রবদা অকনবতগী সমাজ

শান্নাক তন্নরক্রি অকন-অকনববনা
অকনবা নত্তনা হিংনবা য়ান্নক্রবদা।

লৈরক্কবদা অশোনবনা মালেমদা
লৈয়কলোই অমুক অকনবসু
কুপ্‌শিনব্রবদা মীওইবগী লৈমায়সে
শোক্রক শোক্রকপশিংগী অশিবা মপেনা।

হাংদোক্লকলি মীওইবগী অশিথোঙ
খুদেক্কুনা মিনুংশিগী পোরোন
চাথোক্করক্রি অত্তম অত্তবা
কুমথনরক্কুনা শাগী লৈমায়দা।। ●

# নিয়ম পূম্বসে থুগাইদুনা

নিয়ম পূম্বসে থুগাইদুনা
খোয়রুম্বদা নুমিৎসিনা উৎখৎনদুনা
মুক্ররকখি মায়কৈ পূম্বসে
মৈ হৌরকখি মতমসিসু
থুম্ভক লৈতাক্না চাকথেকুনা।

নিত্তি পূম্বসে কায়নরকুনা
খোরকপদা অওং-অনৈগী নুমিৎসিনা
ঈহিং-নাহিং শানরকখি মায়কৈ পূম্বা
শঙলীংবা ওন্নকখি মতমসিসু
মীহাৎপুং ওলহন্দুনা মালেমসিনা।।

শাজৎ পূম্বসে য়াওনরকদুনা
খোরকপদা লোনচৎ য়াওদ্রবা নুমিৎসিনা
মীরমচৎ চৎনরক্রে মায়কৈ পূম্বা
মখয়াৎ লাওনা কাখোরকলি মতমসিসু
পূন্নমকপু য়োংঙদ্রবা হিংচাবা ওন্দুনা।

চৎনবী পূম্বসে থওইরক্তদুনা
খোয়রুম্বদা কাং-খোং চাইরবা নুমিৎসিনা
ইঙাও ঙাওনরক্রি মায়কৈ পূম্বা
হনগৎনা চেনখৎলকখি মতমসিসু
নুঙগী য়ুগ অমুক য়ৌনবা।

পূমওন ওন্নগ্রবদা মায়কৈ পূম্বসে
শুাইদুনা লৈরি খোয়রুদবগী
অনৌবা নুমিৎ অমনা
মৈহৌয়োন্দগী অমুক হৌরগা
মায়কৈ পূম্বসে চুমখোরুবা।। ●

# নোয়খংখিবনি মশা পূম্বা

নোয়খংখিবনি মশা পূম্বা
ঈ চুপলকপদগী
হিংচাবা ওনখিবনি
মী চয়কপদগী
ঈকাইখুম্নবা পূম্বদুসু
কি-তুকচনরকখিবনি
হিংচা য়াইতমলকপদগী।

চামনবদগী পৈখৎলকখিবনি
শক্নগী পোলাং ময়ামসে
শাগৎলকখিবনি শক্নশিংদুনা
অচায়বগী মথোল মথোলনা
নোংমদোন খেৎনা বাংলবা
লৃ-তোংগী চেকলোম্না
চনখৎলক্লিবা ফুম্না দলানসে।

ফজরবা নিত্তি কয়াদুনা
ঈচুপ তোংজৈ ওইরকপদগীনি
চুপথোকখ্রিবা ঈয়ামসে
ঈ চুপ্নগী নিয়মনি
লেঙবা ওৎপা শুমদনবা
মথোঙ মখুৎ পুম্নিবা
মচিন মনা মেম্নিবা।

পাক্লবা খোঙপাক্লুনা
অচুম অয়ান খিদনা
খোঙনেৎনরকপদগী মীয়ামু

মৈশা লাংদ্রবা মালেমদা
লিরি শিংপা নুংশিংনা
ফুগায়না শাংলিবা লৈরাংগী
লোন্না লৈনম হুখিবগুম।

থাজবগী করম্বা শক্তন্না
কৌথোকপিরিবা ঐবু অসুন্না
থাজবনা হাংনরবা মতমসিদা
করম্বা নুংশিবগী শকলোন্নো
মশা পুম্বা সনানা য়োমদুনা
সনাগী সজী ওন্নুবনা
হেন্না পান্নরক্কবা মতমসিদা।

অচুম্বগী করম্বা শকলোন্নো
খোঙফম অমতং হেম্পোকলুবদা
রাবণ ওম্ব্রোক্করক্কবা যুগসিদা
পুগদৌরিবা করম্বা মফমদা
ওং-নৈরিবা থরায়শিংগী
মীকপ মীরাওখোন্না থন্নবা
নরক ওন্নবা লৈবাকসিদা।

হাংদোক্কবনি চংলকলো
থম্মোয় খোঙজাওসে লাওনা
চিংনদে কনাবুসু ঐহাক
সংসারগী খ্বাইদগী তমথিরবা
হিংচা য়াইতম্বা ওইরম্মফাও
চংলকপা পুম্বা লোইনা
থম্মোয়গী খোঙজাও সোমদগী।

চিংনদে থম্মোয়রদুবু ওইরবা
চিংনদবগুম সমুদ্রনা
ঈচেল কন্নবা তুরেল কয়ানা
মাগী ঈয়েন্নুংদা চেনশিন্নকপদা
তিনথ্রগা ঈশিংনা ঈশিংদা
ওইখিবগুম মশা অমত্তা
তিনমিন্নশি লাওনে পুন্না
থম্মোয়দূপি থম্মোয় ঈপাক্তা।। ●

# লাউনরক্নি অমুক মিপাইননা

লাউনরক্নি অমুক মিপাইননা
হিংমিন্নবগী খোন্নাউ কয়া
থদংনরকুনা মতং মতং
কেন্নক্লবদা মচোই মচোই
হিংমিন্নবগী লৈরাং পরেংসিনা।

হংনরকপী অমুক নৌহৌননা
হিংবগী হ্বাহং কয়া
শারাক তন্নরকুনা হিংবদা
হেন্না কিনরক্লবদা মীবুনা
শাহীং চাবা শা কৈদগীসু।

পাখংনরক্নি অমুক হৌজিক্কা
অপুনবগী শক্তম্না কায়রকপগী
কাণ্ডলুপ কাণ্ডলুপ নাইদুনা
মচেং মচেং পাইখোরক্নিবা
পোকখায়বগী অহৌবা মখোন্দুদা।

থকংনরক্নি অমুক ঙসিদি
মিনুংশি য়াওরক্লবা জাতিদুনা
ওন্নক্লবদা হিংচা-য়াইতম্বা
নুংশিনবা লৈরক্লবা সমাজদুনা
ওইরক্লবদা অশিবগী সমাজ।

লৈরাং পরেংগুম মীওইবদি
লেংশিন্নকখিবনি লৈথন চানা
নুংশিবা হায়বা লংলাদুনা

শেমলকখিবনি হিংমিন্নবগী নাচোম
নুংশিবা হায়বা পীপুন্না।

চাখোক্লমক্লবসু মীনা মীবু
তমখিরবা মতম অমদা
চাখোক্লগদ্রনে নুংশিনবা মখোয়সু
ওহোক্লমক্লবসু মীনা শা
ওল্লকদ্রনে মিনুংশি থওবশিংদুসু।। ●

# খোল্লাউশিং অদুগী খোঞ্জেলদো

খোল্লাউশিং অদুগী খোঞ্জেলদো
উমশিনখি মখয়াংনুংদা
চংবা ঙমদনা মনাকোংদুদা
থুপচিনখিদুনা ফল্লবা মনাশিংদো।

শায়গায়রগা অমোংপা ময়াশিংদুনা
অচুম অরান শিংকুপ শানা
য়োংশিনখি খোঞ্জেল পূম্বদো
মনানা তবিখিদ্রবা খোল্লাউশিংদুগী।

লাউনরকখিদ্রে শেংপা চাবা ফংদবদুগী
হিংবদা চংবা পোংচংশিংদুগী
ফংনরক্রবদা হেল্লা তমখিবা মীশি
শেংপা চাবা ফংদনা শিবদগী।

পূমচিক চিকখ্রে মঙুমলকপঙম
ঙাঙখোকপা য়াদ্রবদা খোঞ্জেল খোক্রা
মীওইবগী হক পায়শিল্লিবা মখুংতুনা
চরম মেংতুনা শান্তি থমজিনগ্রবদা।

তুমিন তুমিন চংনরি
মীওইবগী হক লৈত্রবা লৈমায়দুদদি
অশি-অনা হল্লা য়েংনদনা
মমি শাদ্রবা মীয়াম অমা।

খোঞ্জেল খোকহনখিদ্রবদা খোল্লাউশিংদুগী
খঙ্গোয়দা ওন্নরিবা মৈচাকশিংদুনা
কংবা লোইরগা অশং অমান পূম্বা
মনিল কারকলি মৈজাও হৌরকদবগী।। ●

# কয়াদা নক্কত্রবা

কয়াদা নক্কত্রবা! পূক্রীংশিনা নীংশিবা ৱাখলশিনা থক্রিবা
নীংশিবনা থক্রিবনা হুরকম থওনদনা অওকপা সুরওম
নীংশিবদো পূক্রীংনা থক্নবনি ৱাখলনা।

ওইহন্দুনা পূক্রীংসিনা বসন্ত
হুন্নবনি য়েনীং ৱাখলগী পাম্বেলদা
নৈশাং তমহন্দুনা নীংশিবা পূক্রীংসিনা
শাংকাম্বহন্নি ৱাখলসে মচু মচুগী নৈরাংওম।
অকনবা লাইনীং কয়াদো অয়ান খুবম ফংনখিবা
নীংখিবনি পূক্রীংনা অশেংবা থম্মোয়গী অচেংপা ৱাখলদা।।

কয়াদা লায়ত্রবা! পূক্রীংসে ৱাখলসিগা হায়ওমদনা অমুক
মঙলান তাইবং অনীগী মরক্তা লায়রবওম মঙফাওনবদা।
পূক্রীংনা মঙলান্দা ৱাখলসিনা তাইবংদা শাগৎনরি লেপ্তনা
মঙলান তাইবংগী ফুরা দলান কয়া।।

নীংলকপদা পূক্রীংনা পায়খোকখি মঙনৈবাক্তা নুংঙাইনা
আশাগী দোলাইদা ইন্দ্রিশিংনা চিংলিবা মথকুদা তোংদুনা
ওরি ৱাকায় হকচাং কয়াংকী ময়োল অহমসে কোয়দুনা।
চাউখোয়কনি পূক্রীংসিনা ওমখে নৈতনা অপাম মিহৌদনি
পীকশিনখি উওমদনা খুদোংথীবা মীকুপ্পনা।।

থক্নকপদা ৱাখলসিনি নৈরি অসূম হেন্দোক্তনা কোকসিনগী
তানরী থম্মোয়সিগা মীরমচংকী নৈনরি কোকসিগা তাইবংগী।
লোইনাইদনা থনবদা চাউখোয়কনি তাইবংসে থক্না
পীকশিনবা নাইদনা খুদোংথীবা মীকুপসু
তৌকম থওত্রবা মীকুপ কয়ানুদা
পাখে ওইদুনা ৱাখলসিনা।।

চহী কয়াগী মমাঙগী/৪১

লাপ্পহল্লিবা কয়াদা শাজংতুনা নকথঙবা পুক্নীং থাখলসে
আশাগী মঙলান্দা তাউহল্লি মীওইববু নীংলিবা পুক্নীংনা
ওইহল্লি থাখলসিনা তাইবং নীংলিবা আশাগী মঙলানসে।
নীংলকপগী পুক্নীংনা খনথৈদবগা থাখলনা চেৎথোকনা
লম্মুক্করি মীওইবনা লাপথোক্কহনখিদুনা পুক্নীং থাখল।। ●

# অমংবা নোং

অমংবা নোং
পাইখোকখ্রে নঙদি অমঙবদা
তারমদনা মরিক অমকাওবা
লৈরুক চংলবা লৈমায়সিদদি।

মংলকখি নঙনা
লুম্বনা পাইবা ওমদ্রবা
লৈমায়সিদা ভাশিন্নকুনা
হৈখরকদৌরবা নোংগী মপৈওম।

হৌরকখি পুম্নম মন্না
নোংজু মীকমদগী হৌরকপা
ঋাংত-পাদ নোংলিক্কা
শিঙ্গুংনা তারকদৌরবা নোংহৌওম।

নোংজু-নুংশাগী হীরমদা
খঙলবা হৈরবা কয়ানা
লাউনরকখিবনি মাঙজৌননা
লৈরুক-ফুনবা নোংহৌনি হায়না।

ওনখ্রে পুন্নমকসে তাং
পাইখোকখ্রে লোইনমক
নুংঙাই-য়াইফগী নুংশিং মায়রমদা
হেন্না কংহৌরে অকংবা লৈমায়।

লৈহৌদ্রে করিসু অতিয়াসিদদি
নোংজাবী খরসে নত্তনা

সনাগী নোংদুমগুম উহল্লিবা
ইথৌ লাংলবা লৈমায়দা।

নোংজাবী! চুথরকলো নত্তদুম
মচু মচুগী নোং ওইনা
তাউহল্লরো মালেমসে
চুমথাং মচুগী ঈশিংনা।

মচুনা ফিদম উংনদুনা
নিত্তি কয়াগী মচুনা
হীগোক থোক্রবা মালেমসিদা
হৈথরকলো মরিং-মরাংবা মচুদুম।

মচুনা অপাম্বা ফোংদোক্রদুনা
অপাম অপাম্বা মচু কয়া
শগুদোক-শগুজিন তৌনরিবা থম্মোয়দা
চুথরকলো পামজ-পামজবা মচু।

অমুক পামলক্লনা অত্তোপ্পা মচু
শগুনদনবা হনজিন হনজিন
তারকলো শংনীং শংনীংবা মচুদো
লৈহৌরসনু থৌগংননা চেকথায়রবা লৈমায়সিদি।। ●

# মিৎকী পি কায়না মৈচাক

মিৎকী পি কায়না মৈচাক
নীংথা কায়রবা পুন্সি
থম্মোয়গী তেংথাথোল কয়া
খাইদোক্লবগী মহৈনিদো পুন্নমকসে
নুংশিনবগী মীপুন্না পুন্নিবা
তিনশিন্নবগী অকদা
চীরোল লৌনম নমথাকী
খাইদোক্লবগী খুদম য়াওরমদুনা
ওনথ্রেদো তিনশিন্নবসে খাইদোক্লবা।

মীওৎ-মীনৈগী চৈফম
মীহাৎ-মীপুনগী ঈথেং
শিফম-নাফম খঙদ্রবা লাইবক
কপ্পা-লাউনরিবা থবায়
য়েন্নবগী অথুংবনিদো পুন্নমকসে
হিংমিন্নবনা পুন্নিনরিবা মীওইবদা
কন্নক-য়েংথি লৌনমগী
য়েন্নবগী খুদমসে লৈরমদুনা
ওনথ্রে পুন্নিনবনা য়েন্নবা।

খাইদোক্লরক্তুনা মীওইবগা মীরমচংকা
তারকলেদো শারমচং কয়াসে
তিনশিন্নরক্তুনা নুংশিনবগা নমথাক্তা
লৌনম্না থত্রেদো সমাজসে
পুন্নিনরকপদা হিংমিন্নবগা কন্নক-য়েংথিগা
ওইরকলে অকি-ভুজুংনরবা ফনসে
য়েন্নরক্তুনা মীয়ামগা অওৎ-অনৈগা

অমুংবা ওইরে মীকপ-মীয়াওখোলনা
অরেম্বা ওইদুনা নীংতম্বনা।

খুদন্না থল্লবদা তাহেদা-উহেদবা
য়ারক্লেদো হোৎপা অকসে
অচুম্বা ফল পুথোক্লুনা
হোৎহৈদবা কয়া হোৎনরক্লুনা
তৌনরক্লুনা তৌহৈদবা কয়া
কাং-খোং চাইরকন্নেদো সমাজসে
ওনথ্রবদা মশীং পূম্বনা
থাইদোক্লবা য়েনখোক্লবগী মশীং
ভন্য তারকপৌরে মীওইবসে।। ●

# মৈচাক থরদো খাঙবগীদমক

মৈচাক থরদো খাঙবগীদমক
নঙনা চৈরি —
"অসিরা নুংশিবগী সংসার
অসিরা নুংশিবগী জগৎ"।

নুংশিবা নত্তেনে মৈচাকশিংদুদি
মখোয় শঙবগুম মৈ ঈকুনা য়োৎপু
মৈচাকশিং অদুদি চুন্নতগী
মখোয় শঙবনি নুংশিবগী।

মৈ চংল-চংলগা সনানা
থোইনদুম হেন্না নংথংলকপগুম
নুংশি মৈচাক্কা চাকল-চাকলগা
ওইরক্কি মুংনাইদবা নুংশি বারী।

নুংশি মৈচাক অকনবদি
চাকশিবনি থম্মোয় লকানুংদা
মৈচাক্কা মৈইংলকপদা নুংশিববু
খাঙঙমলোই থম্মোয় য়াওদনদি।

কায়নবগী খাঙঙমদবা মৈচাকনিনে
শাগংত্রিবা অঙকপা তাজমহল
নিংশিং খুদোপ ফংবদনিনে
থম্মোয়দা লাপ্নে চাকত্রিবা।

থম্মোয় য়াওদনা নুংশিবা
লৈয়োই নুংশি মৈচাকসু

থম্মোর পাক্সর মীচুনসু
ফংলোই নুংশি মৈতাক্তো।

করো লোইদা কুমখিবা
শামু খোঙদা য়েক্তুনা
ঈঙাং পাক্তক্না চিংখিবা
খাঙগুমলোই থম্মোয় য়াওরমদ্রবা।

মৈচাক খরদুনা পোক্তুনা
ওনশ্রে নঙগী শকফমদুদি
মীকুপ খরা ফজবী ওইরমলগা
সূর্পনাখাগী শক্তম ওস্তোকখিবগুম।

মৈচাক য়াওদবা নুংশিবদো
থাওমৈনি মৈরী য়াওদবা
থোরকলোই নুংশি মৈঙাল
থম্মোয় হায়বা দোশীদগী।। ●

# কনাহক্নে ঙসি নঙবু অমুক

কনাহক্নে ঙসি নঙবু অমুক
নুংঙাইবনি হায়দুনা লৌকচন্নবনুনা।

লৈকংনা ওইবা ঈশাকসিদী
মতম্না ওইবা ঈচেলসিদদি
ঙাইহৎকী ঈথকুম কারকপা
মীকুপ খরগী নুংঙাইবদো
খন্নুনুকো পুন্সিগীনি হায়না।

নুপহন্নরি ঙসিদি অরাবগী ঈরোম্রুংদুদা
নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউহন্নবদুনা অমুক।

চেদা য়েকপা শক্তমদুতনা
শকফম হোংবা ঙমজদবনি
পুন্সিনা য়েকলিবা মীওইবসিদি
হোংলক্রি মীকুপ খুদীংগী
খঙঙমদবা অরা-নুংঙাইগী শক্তম।

হায়রুনে অমুক্তা হায়রবা ঙমলবা
ওইরক্কদবা ফীবমদো মথংগী মীকুপ্তা।

পুন্সিনা শাত্রবা লিলাসিদি
খোক্রুপদবা পূরা লেংখেক্রিবা
করি ওইরক্কদগে খঙঙমদবা
শাত্রগা লিলানা হায়রা
ইথোকপনি রারীনা কোমা।

চট্টু কন্নাগী মমাঙলমী/৫৭

ওল্লিবনি অমুক অল্লবগী শক্তম
নুংঙাইবগী শক্তম লাংলবা কয়াসু।

লেংখোক্রগা শাগ্নরিবা লিলাসিত্তনা
খম্নোকুনা শক্তম লাংগদৌরিবদো
শাহল্লিবা পুম্বা অফবা ফত্তবা
শক শেমদুনা মায়খোংদা
মালহন্না উৎচবনি মপাঙ্গোংদা।

তৈথোরকনী আয়খোংদা মকে শেল্লরবদো
পুন্সিগী অশেংবা শক্তন্না অমুক।

শাগ্নরগা তাইবং পুম্বসিনা
তাইবং পুম্বসিনা য়েংলিবা
অঙকপা পুন্সিগী লিলাসিদদি
খম্মোয়সিতনি শক্তম লাংলিবা
অফ-ফত্ত শারিবা পুম্বগী।

উৎলরি তশেং-তশেংবা শক্তম
পুন্সিগী লিলাসিদদি খম্মোয়গী মশক্লা।

শক্তম লাংলিবা খম্মোয়দুনা
কনাবু মাননবা শারমলিবা
করম্না উৎলম্মীবা নঙগী নশক
খম্মোয়দুনা উৎলম্মীবা শক্তমদুনি
অরেপ্পা শক্তম পুন্সিগী।। ●

# মসিনি ঐগী নুংশি বাবী

মসিনি ঐগী নুংশি বাবী
নুক্লাক তেমপাকী নুংশি বাবী
নোংমা শিংখিবা নোং-নুংশিংতুনা
হুমদোকপিগ্রবা লোইনমক
নুংশি বাপক পুৰসুপা লোইননা।

চুথরকপদা অকনবা নোংহৌদুনা
কুপশিন্নকখি মাবা চেংতমবা
শিরাংগী মরিক্লফাও চোংপদা
পেংখোক্লবা ঐগী থম্মোয়সে
কুপশিনবগুম নুক্লাক্লা তেমপাকপু।

লাকপদনা নোংলৈ নুংশিংতুনা
ননশিনবিখি ঐনা পাইখোকখিদনবা
লশিং মফোলগুম য়াংলবা
পায়খোকখিগদৌরবা মাগী থম্মোয়দো
ননশিনবগুম তেমপাক্লা নুক্লাকপু।

কয়াদা তমখিগ্রবা নুমিংতো
নোং-নুংশিংতুনা পুন্না লাকখিবা
মানা অমুক কুপশিন
ঐনা অমুক ননশিন
বানা হোংনজখি কায়নদনবা।

তমখিরবা নোং-নুংশিং মরক্তুদা
হেনজিন্নক্তুনা চোংশিন্নকপা হুমজিন্নকপনা
পায়খোকপ্রে মানা তরং মালংদা

নীংখাইহৌরে ঐগী থম্মোয়না
পুন্সি লৈতজায় মরক্তা।

ফংত্রবা মতমগী নোং-নুংশিং
মফম খিদুনা থম্মোয়গী অশোনবা
তাশিন-শিংচিন্দুনা নওনা
খোকহল্লি তাহেদ-উহেদবা
কায়নবগী খৌদোক বাখোক কয়াসে।

হমদোকখ্রে মা-ঐগী নুংশি বারীদি
পোং অনী অমগা অমগা
য়ানশিল্লবা খাইদোক্লবগুম
পুন্সিগী তিল্লবা কায়নবসিদসু
লায়না খাইদোক্লবা য়াবা ময়ানগুম।

কায়নখ্রে মা-ঐ হৌজিক্তি
তিনশিল্লরুবদা খাইদোক্লবা গুমদবা
মশা অমত্তা ওইশিনমিল্লখিবা
য়ানশিল্লবদা ফজবা মচু খোকপা
ময়ান ওইরমদবনা থম্মোয় অনীদুগী।। ●

# মসিনি অরোইবা লিলাগী মতাং

মসিনি অরোইবা লিলাগী মতাং
বিচারনি —
সাইলোক কয়াগী রাকংচেনা
মরোল মরোল লোমরি
"থম্মোয়দগী শদূমগী পাউন্দ অমা
থম্মোয়দগী শদূমগী পাউন্দ অমা
থম্মোয়দগী শদূমগী পাউন্দ অমা"

ফমলি নাক য়েংতা
ঈ থকপা, ফিমু শেংপা
লাইমু মানবা আইন কয়া

নাকন্দনা —
সাইলোক ময়াম্না
ফেঙলি ঈচুপ থাঙ
অওং-অনৈগী নুঙপাক্তা।

ফিমু শেংপা আইনশিংদুগী
ঈ চুথুনা তাবা থোরীনা
মখোঙ মথুং পুনশিন্নপা
পুশিন্নক্কি চিং-চিংদুনা
পুন্সিনা শেন্দোল ওইরবা
হিংবনা শেন্দোয় কারিবা
খোঙনেংনবিরবা অধিকার কয়া।

রায়েনশঙগী তাঙবন্দনা
ফমলি রায়েনমপু শাদুনা

শা-য়োনবা দুকশায়
শদুম ওয়বা শেরকাদা পারুনা
থম্মোয়দগী কোংখোয়কপা
ঈ তপ তপ তারিবা
শদুম মচেংশিংদো য়োন্দুনা।

লিলা পানবা সাইদোক্তা
খুবাক খুদুনা থাগৎনরি ভাবুক্তা
এমফিথিয়েটরদা
থাঙ তেন্না থিন-থিন্দুনা লঙনরগা
অঙাওবা নমশন ফাবগুম
থম্মোয়দগী শদুম কোংখোকলিবা
মিং পোন্নবা কুম্নেদুদা।

অচুম অয়ানগী বাখল
খজিক্তফাও পোক্করক্তুমানে
লিলা য়েঙলিবা পুৱসিসু
করেম কথাইনবা ঙাক্তা ঙাইখরে
লিলাগী অবাবা মতাংদসু
হন্না ফাওবা য়েংনরক্রে
থম্মোয়সে কোংখোক্নুনা চানরক্তফাও।

কোংখোক্নবা শদুমশিংদো
ইফোং ফোংনা থনগা
য়েংলিবা ভাবুক মমাংসিমক্তদা
তমথিরবা আইনগী
লাইরোল তিন্নোন শোন্দুনা
লৈরোল চনশিনখ্রে
অচুবা ফজবা নুংশিবা পুৱসু।

